# ঋাহৌদোক

তাইবঙপাল হায়বা অসি তরং ঈপাক অচৌবা অমনি। অস্থুম ওইবা তরং ঈপাক অসিদা মীওইবা খুনায় অসিনা পুক্নিংগী লমজিং তুং-ইন্দুনা মানা মানা তৌনিংবা তৌনিংবা তৌদুনা অকনবনা অসোনববু লাকথুবা, অঙম অঙম্বা হাত্তোকনবা, খৎনবা চৈনবা, লমচৎ-সাচৎ নাইদবা অসিনচিংবা তৌদুনা সা মখল অমা ওইদুনা লৈতাফম খঙদবা সাগী খুনায় ( সমাজ ) অমা ওইরম্মী হায়বা অসি হৌরকলোনগী কংলৈরোন ( ইতিহাস ) না লেঙদ্রবা খুদম ওইনা খঙনরবনি।

অসিগুম্বা লৈতাফম খঙদবা খুনায় অসিবু করম তৌনা মুথৎলগা ইংনা নুঙাইনা, লৈতানা হিংবা য়াবা খুনায় অমা ওইহন্নবা হায়দুনা লাইগী লীখুন খঙলবা রাঙউবা ( ফিলোসোফর ) সিংনা তাইবঙপাল কৌবা তরং ঈপাকথক অসিদা ঈরাক্লদমবা অচুম্বগী ওইবা লীকলম অমা সেমদুনা মীওইবা খুনায় অসিবু লীক অদুদা চৎননবা থৌবাখি। অচুম্বগী ওইবা লীকলম অদুদা মীপুম তিংনা চৎননবা মতম করা চঙনা হেৎনরক্লবা মতুংদা মীয়াম্না লৈতানা হিংবা পান্নরকত্তুনা লীক ( লম্বী ) অতুদা চৎনরকখি। অস্থুম তৌনা লমকাংলবা তাইবঙপাল কৌবা ঈপাকথক্তা সেমগিবা লীকলম অতুদা মীওয়বা খুনায় অসিনা চৎনখিবদগী লীচি চুম্না চৎতুনা লৈতানা হিংবা খুনায় অমা ওইখি। লীচি চুম্না চৎপা ঋাহৈ অসিদগী "লীচৎ ( ধর্ম্ম )" হায়বা মমিং অসি থোকললকখি।

অসুম তৌনা মালেমদা লৈরিবা ফুরুপসিংনা চৎনরিবা লীচৎ ময়াম অসিসু ওইখিবা ঙাক্নি।

তৌইগুম অসুং মালেমগী ফুরুপ কয়ানা চৎনরিবা লীচৎ ময়াম অসি [illegible] ইবা মী অমা মনা হৌদোকখিবা ওইনা তৌই। হায়বদি:— প্রোফেট অামমনা হৌদোকখিবা লীচৎনা অয়াম্বনি। মরম অদুনা লীচৎ অদুগী মমিং প্রোল্লকপদা প্রোফেটসিং অমদি লাইগী মমিংদা থোন্নবনা অয়াম্বনি। খুদম ওইনা:— খৃষ্টান, বৌদ্ধ, জৈন, গৌড় ধর্ম্মা ইসলাম অসিনচিংবনি। অদুগা মীতৈগীনা ফুরুপ (জাতি) কী মমিংদা মীতৈ লীচৎ (মীতৈজম) হায়না কৌই। (মীতৈগা মান্নবনা হিন্দু লীচৎ (হিন্দুইজম) অসিনি হায়বা য়াই।) মীতৈ লীচৎনা মালেমগী লীচৎ পুন্নমকপু (চপ মান্নবা য়েংই) ঈকাই খুম্নে। মালেমদা লৈরিবা লীচৎ পুন্নামক্কা লাইনিং মওং অমসুং রাজ্ঞউলোন (ফিলোসোফি) খেন্নবা খবা খরা লৈতবদি নত্তে। মাগী মাগী লীচৎকা মনাৎ (কলচর) গা মরী লৈনৈ। অদুম ওইরবসু লমথুংফমদি অমত্তনি। মালেমদা লৈরিবা তুরেল পুন্নমক্কা সমুদ্রগী ঈপাক্তা তিল্লবগুম লীচৎ খুদিংমক্কা মপু মাগী মফমদা তিল্লুবা ঙাক্নি। মাগী মাগী তুরেল হায়জবগুম মাগী মাগী লীচৎ হায়জবত্তনি। লীচৎ অমনা লীচৎ অমবু হুনবা চৈবা মীতৈ লীচৎনা য়াদে, লীচৎ খুদিংমক্কীসু ওইরমগনি থাজে।

মীতৈ লীচৎনা মালেমদা লৈরিবা মীওইবা খুনায় পুন্নমকপু মীতৈ ওইনা য়েংই, মীপুম খুদিংমকপু ঐহাকমক্কি হায়না লৌই।

সম্না হায়রবদা মীতৈ লীচৎকী লাইনিংদি হক্কী লাইনিংনি। হায়বদি —( ব্রহ্ম অরাধনা ) নি। ঐ মসক খঙবা হায়বসিনা মীতৈ লীচৎকী মপুঙনি। হায়বদি :— ( ব্রহ্ম তত্ব ) নি। মীতৈ লীচৎকী মন্থুংদা লাইগী মসকপু খুৎশেন্না পুথোকতনা ( দরু মুর্ত্তি ) নিংদে। অতুন্নদি ওইরগা মওং লৈতবা ( নিরাকার ), মওং লৈবা ( সাকার ) লৈ। মওং লৈতবা হায়বদি পাক চাউরবা তেংবানবা অসিবু কৌই, মওং লৈবা হায়বনা তাইবঙ পানববু কৌই। পাক চাউরবা তেংবানবগী মওংনা পীক্লবা তাইবঙ হকচাং অসি ওইরকপনি, মসিবু মওং লৈবা ( সাকার ব্রহ্ম ) কৌই। মওং অমা লৈতনদি লাই নিংবা, লাই-ফংবা য়াদে, ঐ ঐতগী ওইবা মওং নিংগদবনি হায়বা অসি মীতৈ লীচৎকী লাইরিক্লা তাকলি। মসিবু সম্না হক্কী লাইনিং কৌই। হক্কী লাইনিংনি হায়বগী খুদমদি : লৈকাই খুদিং খুঙ্গং খুদিংদা লৈরিবা উমংলাইসিং অসিগী মসক মওং লৈতে, ঙসিমক লৈরিবা উমংলাইগী কোলমাইসিং অসিদি মীতৈনা অতোপ্পা লীচৎ লৌরুবদগী লৈখিবনি। আরিবদদি ফম্বালদা খ্বাংসেৎ নমখাং থম্লগা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীনি হায়বা খংনরম্মী, মসক মওং সাতনা থম্নরমদে। তাইবঙ ঈহকচাং অসিবু মপু মাগী লাইসং অথৌইবনি হায়না রাঙউবা ( ফিলোসোফর ) ঈপা ঈপুসিংনা লৌই, হকচাং কৌবা লাইসংথুংদা ঈবুঙো মাবু লৈরে হায়বা খঙতনা ঈরাৎনরম্মী। রাফম অসিবু তোপ্পা লৈবা তোঙানবা তিন্না লৈবা অতিনবা হায়না ঈবুঙো মাবু সৈথানৈ। অমনা লাপখিবনা খংখিদরে নকমন্দুনা উখিদরে হায়নম্মু সৈথানৈ।

মীতৈ লীচৎনী চৎনবীনা তেংবানবা মপুগী মফমদা হৈরাং লৈরাং কৎলু হায়রমদে, ঈবুঙো মাগী মফমদা তাকচবনি হা না হৈরাং-লৈরাং থেঞ্জরগা তাইবঙ ঐখোয়না হৈমন-লমন ফংজবনি। মরমদি :— তেংবানবা পুন্নমক ঈবুঙো মাগী মরম্নি, ঐগী হায়বা ঈরল লৈজদে। মালেম কৌবা, ইবুঙো মাগী ইংখোল চাইকোই-ফুংদা হৌরিবা হৈরাং লৈরাং পুন্নমক ঈবুঙো মহাকনা তাইবঙ মীগীদমক্তা সেম্বীবনি, অদুগী মথক্তা পুন্ননক অসি ঈবুঙো মহাক্কী মসাগী মসা ওইবনি। মরম অসি লৈবনা ঈবুঙো মঙোন্দা কড়িগুম্বা পোৎ অমত্তা কৎপা য়াদে হায়রিবনি। ঈবুঙো মঙোন্দা কৎপা য়াবা পোৎতি :— লৈরাং লক্তুগী অথোইবা তাইবঙ লৈয়েং লৈরাং অসিনা ঈবুঙো মাগী নিংথৈ সোঞ্জববু লৈকচবা কৌই। অদুন্নদি ওইরগা তীনকৎ লাইকৎ হায়বা রাহৈ অমা লৈ. মসিগী ঈচেন্দি :— তাইবঙ হকচাংগা থোরাই য়াইপীলেল সিদবা লাইগা অনি তিন্নরগা ওইবা তাইবঙ মীবু লাই-তীন কৌই। অদুনা তাইবঙ মীদা পীজ-পীথক তৌববু তীনকৎ লাইকৎ হায়না সিংথানৈ।

মীতৈ লাইনিংদা য়ুম থাদোকতুনা উমং রানংদা চৎতুনা লাই নিংদে, য়ুম থাদোকপা লৈতনা নিংবা লাইনিংনি। মীওইবা হায়বা অসি মপুগী থোদা পুহনা লাকপনি, মপুগী থোদা কায়না লাই নিংহৈদে। মপুগী তাইবঙ কুমহৈ য়াওনা য়াওনা লাইনিং-বনি, মপুগী তাইবঙ কুমহৈ য়াওনা য়াওনা কুমহৈ য়েংবা তম্বনি। লাই নিংবগীদমক্তা থোইদোকপা মতম কাইথোক্তে, মচা মস্ন

ঈমুং মন্নুংগী থৌদাং পুনা পুনা নিংবা লাইনিংনি। লোইননা লৈপাক নিংথৌগী থৌস্নু অতুম পুবনি, লৈপাক নিংথৌগী য়াইফনবা খনবস্নু থাদোকপা লৈতে। অতুগা ঈরৈপাক নিংবা, ঈরৈপাকপু মীখা পোন্দনবা হোৎনবা থৌদাংস্নু লৌবগা লোইননা লাই নিংবনি। সন্না হায়রবদা মীতৈগী লাইনিংদি তাইবঙ থৌদাং কায়দনা নিংবা ( কর্ম্ম যোগ ) লাইনি নি। মীতৈনা লাইগী মফমদা থৌনিতুনা মহৈ নিবদা য়াত্তবা পাদবা পীনবীয়ু হায়না মহৈ নি। মসিনা তাকপদি য়াৎপগী অয়াবা পাথোকপগী নাপল লৈতে হায়বা তাকপনি। হায়বদি :— মীতৈদি নাপল ( ঐশ্বর্য ) য়াওদে হায়বনি।

মীতৈগী লাইনিং লম্বীদা থরাই য়োকপা ( ব্রহ্মচার্য ) হায়বা অসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবনি অমনা থরাই পানবা পুন্নমকপু নুংসিবা ( বিশ্ব প্রেম ) হায়বসি মীতে লীচৎকা পরুত্তুনা লৈবা লাইনিংনি। অহানবদা থরাই য়োকতুনা য়েরুবা পুক্নিং তরুকপু খুতুম চন্নবা হোৎনবনি। য়েরুবা তরুক হায়বদি :— কল্লকপা, নিহৌবা, লৌনম্বা, অসাউবা, নাপল অনদি অপান নুংসি হায়রিবা তরুক অসিবু য়েরুবা তরুক কৌই। য়েরুক অসিবু খুতুম চল্লগা লাইনিং খুদা নিপালদা য়াখল পুক্নিং অনি মান্নবা চংশিল্লকই। লাইনিং খুদা = ৮ লাইনিং য়াখল নিপাল হায়বদি :— নোল্লুকপা, থাজবা, ঈংথবা, পুকচেল তিংবা, নুংসি হৈবা, য়াখল য়াংবা, খঙবা অমস্নুং পেন্থোক হৈবা হায়বা লাইনিং য়াখল নিপাল অসিনি। হায়রিবা লাইনিং য়াখল নিপাল অসিবু চেংনা থাগোন্নজতুনা

মসাবু পূন্সিঞ্জবা ঙম্নবা মী মহাক অতুতনা মপু মাবু ফংজৈ হায়না সৈথারি।

মীতৈ লাইনিংদা পূরেলসিংবু পুনেমজবা হায়বা লাইনিং (প্রনালিকা) অমা পিরি। মতুদি :— ঐনা ঈপাদা চংজবা, ঈপানা ঈপুদা পুসিনবিবা, ঈপুনা ঈপুথৌদা পুসিনবিবা, ঈপুথৌনা ঈপুংলেল নাককপদা পুসিনবিবা, ঐগী ঐগী সালাইনা ঈপুথৌ পাখংবদা পুসিনবিবা, ঈপুথৌ পাখংবনা লাইনিংথৌ সালাইলেল তাইবঙ-পানবা মপুদা পুসিনবিবা, তাইবঙপানবা মপুনা তেংবানবা মপুদা পুসিনবিবা হায়বা লাইনিং অসিবু পূরেলসিংবু পুনেমজবা কৌই হায়না মীতৈ লীচৎনা তাকালি। হায়খিবা পুন্নমক অসি নিংনা উবা লাইনি হায়না লৌনরিবা পলেম ঈমা, পন্থৌ ঈপা অনিগী থৌজান নত্তনদি মপুবু ফংবা ঙমলোই হায়বা মীতৈ লীচৎনা তাক্লি। পলেম-পন্থৌ অনিবু অস্নুন্না সৈথারি :— কোইরৌ নোংনা রাংবরা? পন্থৌ ঈপানা মরাংই, মালেম লৈনা লুমবরা? পলেম ঈমানা মরুমই হায়না পলেম-পন্থৌ অনিগী মতীক অচৌববু সৈথারি। পলেম-পথৌ অনিগী থৌজান্না তাইবঙ কুমহৈ উজরিবনি, য়াউজ-রিবনি। লাই হায়বসি অতৈ কনাস্নু নৎলমদবে, পলেম পন্থৌ অনিবু নোংদম্বা, নোংদম্বীনি হায়না তাকলি। মমা মপাগী য়াথং অমস্নুং থৌজান ফংদনা লাইনিংবা য়ারোই হায়রি, ঈমা ঈপা অনিবু নিংনা উবা লাইনি হায়না নিংজবগা লোইননা অনিগী য়াথংস্নু লৌগদবনি হায়রি। অমনা মীওইবগী পুন্সিগী অরোয়বদা মপ মানা পলেম ঈমাগী সক্তম ওইনা ওক্লমগনি, মতম অতুদা মী

মহাক অহুনা ঈমা হায়না কৌহুনা পিরাং পরেংনা সিঙেল পরেং সক্কা মপূদা লৈরাংজরগা মপূগী কোনবু ফংগনি হায়না পুলেম পস্থৌ অনিগী মতীকপু তাকলি।

মীতৈ লীচৎকী চৎন পথাপনা ( ব্যবস্তা ) না তাকলি :— য়েক্কা য়েক্কা চারৌ মৌ-লোনবা য়াদে, মিংকৌদা নকসিন্নবা ফাওবা মিংকৌ নামুংবা হায়তুনা লোন লৈনবা য়াদে। মীতৈ সুপীসিংনা মতৈ, মকু অমদি মথক থোংবা অহল লমনসিংবু উবদা চরৈ কোকখুন্নতুনা ঈকাই খুম্নবা উৎলি। মপুরোইববু লাইমরি হায়না নিংঙ্গৈ, মপুরোইবগী য়াথং নত্তুনা করিগুম্বা অমত্তা মনিং তৌনা পাংথোকপা ঙমদে। চাক য়েনসাং থোং-থাকপা মতমদা ঈরুজ-থোক্লগা ফিসেং হোংতুনা থোং থাকই, সুপা ওইবসিংসু ঈরু মাইথজরগা অসেংবা ফি হোংতুনা চাবা থকপা তৌই। অতুগা করিগুম্বা লাইগী ঈরাৎ থৌনি থৌরম অমা থোকপদা ইরু মাইথ-জরগা ফিসেং হোংতুনা নাহৈরোন্নচিংবা হাইদোকতনা তরু তনান্না তৌনৈ। অঙাং পোকপনচিংবা য়াওরগা নাহৈ লাইসোন্না সেং-দোক‌ননা ঈম-কৈ সেংলগা ঈপান থৌরম তৌই, করিগুম্বা অসি-অনা থোরম্সু য়ুম-কৈ মাংতুনা য়ুম-কৈ সেংবা চৎনৈ। য়ুমসেং কৈসেং লোইরগা সিখিবা মী অতুগী য়াইফবা মপোক্তা পোকলক্ল-বগীদ ক্তা লান্ন থৌরম তৌই, চহি কুমলাং ফারগা ফিরোই থৌরম তৌই। মীতৈগী ফিসেৎ চাকচাম্সু থৌরম থৌরমগী মতুং ইন্না ফিজোল তোঙাল তোঙাল সেৎলি। মীতৈগী খুনায়দা অচৌ অপিক, মাংবা সেংবা থায়বা লৈতে। হায়বদি :— সাগৈ অচৌবা

মচা, অমাংবনি অসেংবনি হায়না খায়দোকতুনা হন্থনা য়েংবা নিংয়েং থন্নদে, চপ মান্নবনি হায়না থুংসি চান্ননা লৈবা ফুরুপনি হায়না লৌই। মতাং অসিদা পাক চাঙ্গরবা মীতৈ লীচৎকী ঈচেল পুন্নমকপু স্থগাইনা সৈথাজরুবা ঙমদবনা সম্পৎনা লোইসিঞ্জরে।

মীতৈ লীচৎকা সাগোন্নবা লৈরকলবা থৌরম কয়াগী চৎনপথাপপু উদবা মনি তন, খঙদবা মপা লাক্লা সৈথাজরককে।

মান্নবা অপুনবা মরুপ

# অঙাং উনবা ( অঙাং পোকপা )

পন্থৌ ঈপাদা থা অনি, প্লেম ঈমাদা থা তরা নৌ পুতুনা লৈরম্লগা, ঈনাগা নৌ-পিকমদা লৈবা য়াদতুনা, নপু মানা থিন্দোক-পিরকতুনা তাইবও লমজাউ ফাউরে ( পোকলে ), হেক পোকপগা নোরা অতু ঈরু-ঈসেংথোকপিগনি অতুগা না'হ লাইলোননা অঙাং অতু সেংদে ক্কনি। পোক্লিবা নোরা অতুনা তুপা ওইরবদি খোইরী নাওফম অতু য়ুমগী থা-থংবদা— ফমমেন লোমদা ফুমগনি। তুপী ওইরগনা য়ুমগী অরাং থংবদা মাংসোক লোমদা ফুমগনি। মমাগী তুননি খোমদিন লাকক্লিবা ফাওবা অতোপ্পা নীগী খোনলাং পিথকফরোই। পোকলকইবা অঙাং খুদিংমক মমাগী খোনলাং-তনক পিথক্কদবনি। মমা, মচা অনিমক ঈপান য়োদ্রিবা ফাউবা পন্থৌ ঈপাগী মসক ওইবা কোলৌ তুমিৎকী মসক উহনফদে।

মমা অমসুং অঙাংগী ফি সুবদা ঈসিংদা লাকসিন্দুনা সুফদে, সুগদোরিবা ফি অতু খুদেংদা হান্না হাপ্লগা ফিগী মথক্তা ঈসিং তৈরগা সুগনি, হায়রিবা থৌরম অসি পোকপা তুনিত্তগী হৌনা ঈপান তরুকনি কাওবা পাংথোক্কনি। নসিনা অঙাং ঈসিংদা তাবনচিংবা থোক্কন্দে।

# ঈপান ( তরুকনি ) থৌরম ।।

অয়ুক অঙনবদা মমা অনসুং মচা অনিমক ঈরু ঈসেংথোক্কনি লোম্বননা নাহে লাইলোন সোন্দুনা য়ুম সেংদোক্কনি। অয়ুক্ত

ঈপান থাবগী থৌরম অমসুং পীতাই থোমতাইবী ঈমাগী থৌরম তৌগনি পোকলিবা অঙাং অদুগী মপানা নত্রগা মপা মরীগী ( মরী-মতাগী ) । হুপা অমনা অঙাং অদুদা নিংখৈ হা, হুং, হৈ, হে, হিং হায়না পীবীগনি, অমসুং নৌরা অঙাং অদুনা পুন্সি লোমদ্রিবা ফাউবদা কৌগদবা মিংথোল অদু থোনবীগনি ।

তেন কাপ্পা—চীংখৈদগী হৌনা তেনচৈ অনমম কাপতুনা মৈরন ফাউবদা তেনচৈ মরি কাপকনি, তেনচৈ অমনা নোংপক অনসুং লৈখারোমদা উৎলমলগা ঈমন্দা পসিনগনি । তেন কাপকদবা নীদি পোকললকইবা অঙাংগী মমাগা পোকলিবা মবুং নত্রগা মপুরানা কোকয়েৎ য়েৎলগা কাপদবনি । অঙাং অদুদা সেন পিবনচিংবা তৌফদে, ফম্বান্দা থৌনিবীগনি । মথংগী হুমিত্তা ফংান কাইগনি ।

## চউম্বা ( তাইবঙ চিঙ্গাক চাবা )

হুপীনা পোকপদগী থা মঙা সুবদা অদুগা হুপানা থা তরুক সুবদা তাইবঙ চিঙাক চাবা হৌবা ওইনা চউমগনি ।

মমা মপা অমসুং চউমগদৌরিবা অঙাঙ ঈরু ঈসেংদুনা নাকৈ লাইসোন্না সেংদোকনি অঙাংগী ফিজোল হোংগনি ।

লাইনিংথৌ সনামহি মকাইফমদা অথেনপোৎ অনা ঙমু য়াউনা থেল্লগা থৌনিজগনি, মতুনা পোং-থাল্লগা চউম্বগী থৌ প্যাংথোক্কনি ।

অথোংবা চাক য়েনসাং অদু মাগী মাগী য়েক সালাইগী পু অহুমদা লুক অহুম থোক্লা কৎকনি ।

( পু-অহুম হায়রবদি— ঈপুধৌ পাখঙবা, সলাই, সলাইনা পোকপা

লুকমন খরা খরা লুক অহুম অতুদগী লৌরগা মখাগী অম্মুমনা মমানা ইনবিগনি। চাক ইনবদা মম্ মম্, ঈসিং ইনবদা কুক কুক হায়গনি। অম্মুম্না ৭লক চাকইন তমগনি।

## নাহুৎ নারেং

নাহুৎ-নারেংগী থৌরম হায়বসি মীতৈ ঈনাৎকী ওইনা তঙাই-ফদ্রবা তৌদবা য়াদবা থৌরম অমা ওইনা লৈরমদবনা মরম ওইত্তুনা না হুৎপা পান্বীবা মীওইনা হুমিৎ থা অচংবা য়াইফবা হুমিৎ অমদা প্যাংথোকপিবা য়াই। য়ারবদি পোকপা হুনিত্তগী হুনিৎ তরুকনিগী মনুংদা প্যাংথোকপীবস্ম অকায়বা লৈতে থৌরম অসিবু ঈনাত্তকা মরী লৈনবা অচৌবা থৌরম অমা ওইনা পাংথোকলুবগী মথৌ তাদে।

## লাইমিং লৌবা হায়বদি মপুগী মিংথৈ লৌবা

মপূ অমা লৈ হায়বা খঙননবা অমদি মপূ মাগী লীকথুনবু থিরক্লবা লাইগী মহৈবু তাইবঙ মী ওইনা পালহনখিবা মরমনা মপুগী মিংলেল হা, হুং, হৈ, তে, হিং য়াইপীলেল মিংথৈ অসিনচিংবা কয়াগী অচেৎপা ব্লারী রাখোঙবু মচা ওইবসিংদা মমা মপা ওইবনা তাকপি তম্বীত্তুনা খঙহনফম থোকই। মসিগীদমক্তা থোইদোকপা অকক্লবা মতম, চহি অমা থমত্তুনা লাইমিং লৌবা নত্রগা লাইমিং পীবা হায়বনচিংবা কৌসিন্দুনা থৌরম অমা ওইনা পাঙথোক-উগদবা নত্তে।

# লু-হোংবা

পিবা ( নুপা ) গী য়ুমদা পাংথোক্কদবা থৌরমদি, ঈসাইফু অমা লাৎতুনা ঈরাৎ ঈসোন তৌগনি। পিবানা লাইনিংথৌ সালাইলেল সিদবা, লাইরেম্বী ঈমা লৈমলেল সিদবী, লাইনিংথৌ সনামহি, মাবু পোকপা পন্থৌ মপা অনম্বুং মাবু পোকপী পলেন মমা পুন্নকপূ খুরুমলগা ফমফমদা ফমতুনা সালাই কোকয়েৎ য়েৎলগা নিংসাগী পুংফম য়েংতুনা খোং সানগনি।

পিবানা লৈমা ( নুপী ) ময়ুম য়ৌরকপদা তীলমু সাইম ফত্তবা চংলক্তনবা খোইচু লাইখাম ওক্কনি লোইননা নাহে লাইলোন সোন্দুনা অনম অথৌ কোক্কনি। মতুংদা লৈমগী মমানচিংবা মাওইনা ওকপিগনি, অমুন্না ওকপিবা অসিদা পিবানা ওক্করিবা মাসিং অতুদা খুরুমফদে। ওকবগী থবক লোইরবদা পিবানা মাগী পোথানবা সেমলমলিবা মফম অতুদা অমুক চংতুনা ফমখিগনি, সেন্নরিবা নুপা অতুনা মসাগী সালাই কোয়েৎ অদ পোথাফম অতুদা থমলম্লগা, পিবাগী মহুৎ সিন্দুনা থোকললগা সোন্নপুংদা সম্থোং অপানবা, সলাইলেল সিদবা, ঈসৈ সকলিবা অমদি তিল্লম্লিবা মায়াম্বু খুরুম খাজংতুনা তৌবা হৌনবা থোগল্লোন উংকনি।

## লুহোংফমদা

ফম্বাল অমা সেমতুনা ঈসাইফু লাৎলগা ঈরাৎ ঈসোন তৌগনি। ঈরাৎ ঈসোন লোইরগা মপুগী মিংখৈ সকপা সোনবা হৌগনি। মতম চানা লুহোংফাল, পূসিল্লকতুনা থাগনি, ফালগী মথাদা পল্লান্দবানচিংবা য়েকফরোই, নাহৈ লাইসোন্না ফাল অতু

হৌগনি। মতম চানা লুহোংফাল পুশিল্লকতুনা থাগনি, ফালগী মথাদা পল্লান্দবীনচিংবা যেকফরোই, নাহে লাইসোন সোন্দুনা ফাম অতু সেংদোক্কনি। পিবগী মতম ওইফুনা সংলেল মযাই চংলকপা মতমদা ফমমেন কোইনা চংগনি। ঈচেন্দি ঃ— পিবাদি কোইরো হুনিংকী মসকনি, হুমিংনা ওইরোমদা চৎপগুম ফমমেন কোইনা চত্রবদি চৎহৈদ অদুনা ফমমেনকোমদা চংলিবনি। অম্নুন্না চংলকতুনা সম্বোং অপানবা খুরুম্নগা স্নোম্নপুংগী ফম্বান্দা লাইনিংথৌ সালাইলেল সিদববু খুরুমজগনি অতুগা পিবাগী লাইলোন সোন্দুনা সংদোক্কনি।

লৈমা ( তুপী ) না ফিসেৎ লৈতেং লোইবগা যুমগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বী খুরুমজবন্নগা মাবু পোকপা পলেম পম্বোবু খুরুমজতুনা থৌনিজরন্নগা সংলেললোমদা থোকলক্কনি। অহানবদা সম্বোং অপানবা খুরুমজগনি অতুগা মাংসোকলোমদা লাক্নগা সোম্নপুদা লাইনিংথৌ সালাইলেলগী ফম্বাল খুরুম্নগা লৈমগী ফমফমদা ফমগনি। লৈমগী ফমফমদি পিবাগী চাংথে ওইনা থাগনি।, লৈমনা ফমদা পিবাদা মায় ওনসিনগনি। ( পিবানা কোইরৌ হুমিংকা মসকনি, লৈমনা মালেম লৈমগী মসকনি )।

পিবাগী মথুংনা মথক লৈমগী থুংনা মথা পাতুনা অনি অঙ মংক্তা ওইনা তুপীগী মমানা পুন্সি লৈবাং পারেংনা তৎনথানদনবা লমসিনগনি। তুপীগী মমানা কুজপোৎ থাঙ্গৎতুনা পি পা অনিগী খুৎ মথক্তা থমবীগনি। ( কুজপোৎ ঃ— চেং, লফোই চং থোবপা,

হৈনম নাইবা অমক্সুং কি-ৱ্রাল) লুপীগী মৰী মতাগসিংনা মপুদা য়াইফ থৌজাল নিবিগনি। লৈমনা পিবাবু য়েংওইনবা লৈ কোয়গনি-মকোয় অময়ম খুদিংগী লৈমনা পিব দা লৈ চাইগনি, অৱেংমুবা লৈ-চাইবা লোইরগা লৈমনা মাপী য়েক সলাইদা কংলবা লৈরাং পরেং অচু পায়রগা পিবাদা হুকনি। অতুগা পিবাগী ওইদা কমগনি-পিবানা মাপী য়েক সলাইদা কংলবা লৈরাং পরেং অচু পায়রগা লৈমগী ওকসনদা হুকনি। অস্থুন্না ভৌরবা তুংদা লৈমা পিবা অনিমক চপ মান্নবা হৌগংলগা সলাইলেমগী মখালদা থুরুমমিন্নতুনা ঈমুং চংনবগী য়াথং লৌজরগা ঈমুংদা লৈমনা মাং থানা চংগনি। ঈমুং চংলমদাইদা লৈমা পিবা অনিগী ফিজি অনি পুনসিনগনি। ঈমুং য়োরবদা য়ুমগী মপু ওইরিবা লাইনিংথৌ সনালৈমল সিদবা, লাইরেম্বী ঈমা লৈমরেল সিদবী অমসুং লাইনিংথৌ সনামবিবু অনিমকক্বা পুন্না :— থুরুমমিন্নগনি লোইবনা থৌনি জগনি। ফিগী কিসি থোকতুনা পিবানা মপানলোমদা থোকলকনি, সোন্নপুং যৌবদা পিবাগী সলাই কোকয়েং লোথোকতুনা সেন্নরিবা অতুদা পিরগা লৈমা ময়ুমগী সাগৈ অহল মনদা থুরুমলম্নগা নরাং-য়াইদা (ময়ুমদা) হনথিনি।

## মীতম ঙা থাবা

কুজপোংলম থাঙংলিভৈদা পিবারোমগী লুপী অনি লৈম-রোমগী লুপী অমা য়াওনা লৈমা পিবা অনিগী নাইমরবা মাইচৌ ঈসিংদা মীতম ঙা অমা থাগনি মথংদা পি-পা অনিগী ঙা অনি থাগনি।

# চেংলুক নুংসাং

চেংলুক নুংসাং পুগদবী লুচিংবী অসি য়াইফবী নুপীনা। ইহান হান্না মকোক থংনা পুগনি। চেংলুক নুংসাং অসি লৈমগী ময়ুমগী য় -নাক লাইকদা নুংিং মংিনি লেংদনা থমগনি। নুমিৎ মংিনি নুংগী অযুক্তা পিবাগী লৈমসিংনা লাক্লগা চেনুক-নুংসাং কাংগনি। লৈমা পিবা অনিগী পুন্সি নুংসাংগী খুদম-চাংদম ফংগনি। মঙানি নুবগী অয়ুক্তা লৈমগী ময়ুমদা নুপী সাগৈগী পিবানা চাক য়েনসাং থোংতুনা সাগৈ আনিগী, মীওই চামিন্নগনি অমসুং মকথং নাইখংনগনি।

লৈমা ( নুপী ) থিল্লকপা :— লৈমা ( নুপী ) থিল্লকপদা পিবাগী কোম্থোংদা থোইচু লাইখাম মৈথুনা ওকতুনা তীনম্-লাইমু তাম্থোকনি পিবাগী মমানা লৈমবু য়েংওইননা কোনসিনবিদুনা সঙ্গাই তান্না চংদুনা মাঙ্গোল ফিবান্দা থুংনা লাইকক কংলগা কাখৎতুনা ঈমুং য়ৌনবদা লাইনিংথৌ সনাইখেল মিলবা, আইরেম্বী ঈমা লৈমবেল সিংদবী অমসুং লাইনিংথৌ সনামহিবু খুরুমজনা থৌনিজবন্নগা :—মথোয়গী কাদা চংদুনা মফি মরোল হোংদোকতুনা পোথাগনি। কুঞ্জপোংকী হৈ য়াসিং অদু লৈমা পিবা অনিতগী ওইগদবনি। লাই তীলগী পৈাংলমসিং অদু লুহোংবা নুমিংকী নুনিদাং অদুদা কথোক্কনি।

লুহোংবা থিল্লকপগী ফিরোল ( ফমুং ) পাবা অমসুং নামথগী থৌরম অসি নুপিগী মনাগা পোকমিন্নবা ঈমান ( মাখ ) মা লৈনা পিবা অনিগী পুন্সি নুংসাংনবগীদমক তৌবিগনি।

# চুপসা মোইথেম (লান্নথোরম)

মীতৈ লাইনিং লাইসোন চৎচরিবা মীওই অমনা মপুগী চৈথেক মসিং ঙাইহনা খাংলমলগা মপুগী চৈসিং লোইরহনা নোংগা লম্বী তানথিবদা মপু মঙোন্দা অমুক তিল্লুগদবনি অদুগা অমুক পোকলগদবনি হায়বগীদমক থাংপোকসং অমা সাগনি।

থাংপোকসং স,বদা মেন উরেপ হুনবা হৌবদি চীংখৈদা হান্না হুনগনি, কৌক্রুনা মপা ওইগনি, থাংজিংনা অহুমশুবা, মৈরম্না অরোয়বা মরিস্সুবা ওইগনি।

ঈরূ ঈসেংবিহনা অসেংবা ফি অমা হোংগনি, নমসা থিনগনি লা নত্রগা ফি মথক্তা থনগনি, ওইরোমদা ফিসেং সেংকনি, কোক্লা অরাং কৌক্রু ওনগনি। মতম অসিদা মীয়াম্না হুং, নিং হায়না সোনবিগনি।

কু কাইদা হকচাং অদু থাঙৎকনি ঈমুংগী অহল অ-না খাং-পোক্তগীনা পোংলোইফম ফ,ওবদা লং অহিংবা নত্রগা লসিংনা মতৎ মতং খাদহনা চৎকনি। কু কাই মনুংদা ঙাইবঙ অমা ওই-রকপদা চংগদবা মচাক হী-য়াই অনৌ-অপেন খরা হাপকনি।

থাংপোকসং অদু ফুকপদা মৈরমদগী হৌদগা চীংখৈদা লোইহনা নোংপোকলোমদা ইনথোকতুনা ফুক্কনি। কু কাই মনুংদা লৈরিবা হকচাং অদু কোইরোগী অমদি থাগী মঙাল য়ৈদনবা অঙৌবা ফিনা কুপকনি, মৈ, ঈসিং, হুংসিংকী মহুং সিন্ন মফম অন্নম থোক্লা থৌরী পুনগনি। য়েক তরেৎকী ওইবা মচু তরেৎকী ফিনা কোকলোমদা কুপকনি।

পোংলোই মখল কয়াগী মনুংদগী মখাগী অনি অসি শীজরি। ফুম্বা ( লৈমরোন চনবা )। ফৈজুপ মাইথ মরোল অহুম, চেংজেন, ছাপকনি।

ফুম্বা পাম্বীবা মীওইনা কোম তৌথোক্কনি, সনা লুপানা কোনয়াই চনগনি। ঈসিং চফু অমা, লৈ, তাইরেল, কোমগী অরাং থংবা মপান্দা থমগনি, অসিবা হকচাং অতু লৈরোন চনগনি।

# মৈনা পোংলোইবা

মৈনা পোংলোইবা পাম্বীবা মীওইসিংনা অসিবা হকচাং অতু মৈ থাবা খুদোং চাননবা সেমজুনা মৈ থা দাক্কনি। ( লম লৈবা, মৈ কোয়বা, সীঙখল তরেৎ অনশুং থকখল ( থাকল ) খনবা মথৌ তৌদে ) মৈ থারমদাইদা সনা, লুপা কোনয়াই চন্দুনা ঈসিং চফু, লৈ, তাইরেলনচিংবা অরাং থংবা কোমগী মপান্দা থমজুনা লৈরোন চনবগী পরিং পথাপ অতু তৌগনি।

মীতৈনা মীতৈদা হজন্দনবা লৈই তরেৎ চিংজুনা মংথোং থিংলোইদবনি। মসিনা ঈপা ঈপুদা লংজবা থোকই।

পোংলোইবা লোইরগা সিরিবা মী অতুগী য়াইফনবা মোংফম অতু লৈতেম মান্নবা তেমসিল্লগা মথক অতুদা মরু মরাং থরা হুনগনি লোইননা লৈশম্ব চাইগনি।

পোংলোইবা য়াউরুবা মীওইনা হকচাং ঈরু ঈসেংথোক্লগা মরা ওকথোকপা তাইরেল পুংফাইনা নাইহবা অসি তৌগনি।

# ৫নি লৈহুন

সিথিবা নুমীত্তুগী ৫নি সুবা নুমিত্তা লৈহুন কৌনা পাংথোকলিবা থৌরম অসি মীতৈ লমচৎকা ওইনা পাংথোকলমই নত্রগা পাংথোকলমদে হায়বগী মরমদা ওইবা অরীবা লাইরিক-লাইসু, পুয়া, লীখুন্নচিংবা মতিক চানা ফংবা ঙম্মদ্রি। অদুবু থৌরম অসিবু পাংথোকপা তারবদি মপুঙফানা য়ুমসেংদ্রিবনা ঈরাৎ ঈসোনবগীদমক ফম্বাল লাৎফরোই।

তরুকনি সুবা নুমিত্তা ঈমসেং কৈসেংগী থৌরম পাংথোক্কনি তরেৎনি সুবা নুমিত্তা অয়ুক্কী মতমদা সাগৈ পিবামখৈ তিল্লগা লৈথিদ্রিববু পুয়াগী লাসিং চনগনি। লান্ন থৌরম চুপসা মোইথেম থৌরম পাংথোক্কনি।

কনাগুম্বা মীওই অমনা মিয়ুমদা সিবা তারবদি সিবা নুমিত্তুগী তরেৎনি সুবা নুমিত্তা লান্ন-থৌরম পাংথোক্কনি। অদুগা লমদা হায়বদি য়ুমগী মপান্দা সিবা তারগনা পোৎসি পোইলোইবা লোইবা নুমিত্তগী তরেৎনি সুবদা থৌরম পাংথোক্কনি।

সোরেন ( সোইরে ) মমাগী পিবুকনুংদগী সিনা পোক্লকপা নত্রগা হিংনা পোক্লবসু ঈপান য়ৌদ্রিঙৈদা সিরবদি সোরেননি হায়না লৌগনি। ঈপানগী মতুংদা সিরবদি লান্ন-থৌরম চুপসা মোইথেম নুমিৎ তরেৎনিদা পাংথোক্কনি।

ঈপানগী মমাংদা সিথিবসিংগীদি পোকগী ঈমকৈ হেক সেংবগা থিন্দনা তেকসিন হঞ্জিন্দনবা য়াইফবা কোইলৌ নুমিৎ অমদা সাল্লাই লৈলগী মকায়ফমদা চুপসাবগী থৌনিজগনি।

# চুপ সাবা

চুপ সাবা হায়বসি মীসি মীনা ফত্তনা সিগ্রবসিং অহুবু অমুক হন্না চাবোল মুরোলদা তেকসিন হজিনদনবা ঈম কৈ সেংবা হুমিত্তা চুপ সাবগী থৌরম পাংথোক্কনি।

# ফিরোই

পম্মৌ ঈপাদা থা অনি পালম ঈমাদা থা তরা নৌ পুরগা লাকয়েল ফিযালহনা তাইবঙ অমা ওইহনবিরকপগীদমক অপোকপ ঈপুথৌ অহুমদা তরালুকলেল কৎচহনা থৌনিজববু ফিরোইগী মথৌ ওই। কৌবৌ মালেম অনিগী মতিক্না তাইবঙপাল ওই-বসিনা কোরৌ মালেমগী থোংচৎ মতুং ইন্না "লৈথিদবা হুমিত্তগী হুনিং ৩৬৫ ( চহুম হুমফুমঙা ) সুবগী নোংমা হেনবদা"(নোংমা হেনবা হুমিত্তা) থৌরম পাংথোক্কনি।

# লংহিং থাংবা

লুকুন থাংববু লংহিং লংসেং থাংবা হায়না লুকুন মচা ৬ ক মহুত্তা ৭ নত্রগা ৯ ওন্থোকহনা থাংবা চৎনবিবা অসী; মীচৈ ঈনাৎকী রাংমা লানবনি, লংহিং লংসেং থাংলোই।

লুকুন নত্রগা লংহিং লংসেং থাংলমদে হায়বগী খুদম অমদি র'বোল খবদং মখাদা পীজবি। মতুদি— চৈথাবোন কুম্বাবদা অম্মা হাযবি, শকাব্দ ১৬৫১ রাকচৌংগী থানিল যুমসকৈসদা গুরুসুং নিংথেমসু লিলোংদা ঈরুপই, অদু হুমৌত্তা গুরুনা লুকুন থাংবীয়ে। ( চৈঃ কুম্বাবা লাঃ ৭৮ )

শকাব্দ ১৬৫৯ হীয়াংকৈ থানিল নোং য়ুমসকৈসদা মহারাজ-নচিংনা মী ৩০০ লুকুন থাংবীয়ে। ( চৈ কুম্বাবা লা' ৮৫ )

শকাব্দ ১৬৬০ ঈংেল ৫ নি পানবা লংমাইচীংদা লৈপাক অয়াম্বা লুকুন থাংবীয়ে। ( চৈঃ কুম্বাবা লা ৮৬ )

শকাব্দ ১৭০৩ ঝাকচীং ৫ নি পানবা নুংগৈত্তা লৈপাকী লুকুন লৌথোক্লবা মী খৈবিকপু ঝাংখৈ বৃন্দারামনচিংনা নিংথেম পুহ্রিদা লুকুন হাপ্লিয়ে। ( চৈঃ কুম্বাবা লাঃ ১২৩ )

শকাব্দ ১৬৬১ ইঙেল ৫ নি পানবা থাংজদা ঈবঙো থাংকাই-সাইনচিংবা লুকুন থাংয়ে, থাংকুনো হায়বা খৈবিকম্ব থাংএ।

অতুগা নাওরিয়া লাইনিংহন্না ইহনা ফোংবীরম্বা "ঐগী ঝারেং" কৌবা লাইরিক্তা অস্নুম্না হায়রি— মীতৈ নুপামখৈবু মনাংনা লংহিং মচা ৬ তা লাইরা সোজিন্দুনা পুল্লগা পোন্দেন মতুংদা ননহুনা কোয়চিং চিংলি। অমনা মীতৈ অহনসিংগী মরোসিং অমত্তুংদি রাইমৈগী উৎনিংথৌ ওইখিবা মরমনা ময়াং মরোম্না নগুন হায়বা ঝাহৈবু তুংগী চারোন সুবোম্না খঙজহৌনবা হায়তুনা ময়াং মনোলগী নগুন হায়দতুনা লুকুন হায়বাবমই। লুকুন হায়বগী ঈচৈনদি—লু = কোক, কুন = কুনবা হায়বনি। হায়বদি— ময়াংনা পীবীবা লুকুন মচা ৬ অসিনা মীতৈসিংবু ময়াংগী মখোংদা কুন্দুনা, নোন্দুনদা লৈবা হায়বা রানি, অসীনি।

অতুগা রামানন্দি শর্ম্মা লোরোই হায়তুনা চেনখিবা কাংলুপপু নিংথেম পামহৈবনা লোইনি হায়না লাওথোকতুনা চীংয়া তময়াদা খুন্দাতুনা লৈরিবা ফৈয়েং, অন্দ্রো, সেকমাই, খুরখুন্নচিংবদা লৈরিবা

মীতৈ অরিবসিংনা লকুন থাংদে লোযননা মীতৈগী তংন-থ, নবা যাদনা লৈরবা ঈপা ঈপুগী ঈনাৎ (ত্রেদিসানেল কলচর) ওইবিবা উমং লাইঁদা লংহিং লংসেং কৎনদে। মংঙী রাফমসিং অসিনা মীতৈনা লংহিং থাংল।দে হাযবা নৌনা খন্থনিঙাই লৈত্রবনি।

# রাকচীং চৈহোবা

রাকচীং চৈহোবা হাংবা অসা মালেম্না নুমীৎ-থাগী খোঙচৎ খঙত্রিঙ্গেদা মীতৈ ঈপা ঈপুনা চহী লিসিঙ অনা চনিরোম হান্না খঙলমলবা খেনচঙলোন ক চলেন (এস্ত্রোনেনি স ইন্স) নি। নুমীৎকী চহী (সোলর ইয়ার) থাগী চহী (লুনর ইযার) অনিমক ফজনা মযুৎ তানা খঙলমলে। মবম অতুনা মীতৈনা নুমীৎ-থা (সোনি-লুনি) তুনা খঙলমলে হাংবা অসানি। এখোযনা নুমীৎকী চহীদা চহী সাতনা চৎনবকই হাযবা অসা থিগৎলুবদা তংতানা খঙলে, নুমীৎকী চহীগী থা (সোলর মন্থ) অহোবস্থু রাকচীং থা কৌই হাযবা খঙলে। মবম অতুনা রাকচীং চৈচৎ (ত রিথ) অমদা কাযদনা রাকচীং চৈহোবা চৎনগনি।

রাকচীং থানা থা ১২ গী মন্থংদা থাইদগী মক ওইবা থানি হাযবা অসীগী খুদম থংদ পঙ্গ়ে— রাকচীং থাদা লুহোং-কৈহোংবা তৌহৈদে, কৈদগী ফৌ থাইহেদে, যুম সাবা যুম মনা সিনবা তৌহৈদে, ফি মৈনা চাকৌহৈদে, অসা-চিংবা অসীমা। অমনা রাকচীং থাদা কুমহৌ নোং চুবা হৌই, চাংউ থাংজিং কোযলেল্লাই সিঙবনা থালৈ লৌতাবা হৌই। মসীবু চাংউ থাংজিংনা রাকচীং

কুমহৌ লৌতাবা থৌরম হৌই। ঙসি ফাউবা ঈপা ঈপুগী চৎনবী নাৎ ( ত্রদিসনেল কলচর ) ওইনা তৌনরি। কুমগী লাকয়েন তাইবা হায়তুনা ইমোইনু ঈমাগী ঈরাৎ থৌরম রাকচীংদা তৌই।

ঐখোয়না রাকচীং থাদা চহী হৌরম্মী হায়বা অসী "রাকোক লোন হীলেল থিলেল সালাই অমাইলোন পুকোক" কৌবা পুয়াদগী অম্বুন্না ফংখি— "কুমগী কুমহৌ অহানবা নুমীত্তগী সিম্বোকপা হৌবনা নুমীৎ ১৫ নি চঙনা রাকচীংগী থানিনদা লোইয়ে" হায়না সম্বোকপগী রারোলদগী ফংই। রারোল অসীদগী রাকচীং থানা চহীগী অহৌবা থানি হায়বা খঙখি। অসীগী মতং ইন্না মীতৈ থাপালোন ( কেলেণ্ডর ) পুথোকনবা থিজিনবা হৌখি।

**মীতৈ থাপালোন করম্না পুথোকখি ?**— সোপোন লাইরেম্বীগী রারিদা অম্বুন্না হায়রি— সোবোন লাইরেম্বাগী মনাওনুপী সনা খোংনাং লৈমবু নুমীত্তা থাজবা মতমদা খোংনাং লৈমনা মপা অমম্বুং মচে কায়নবগী কপখি। মতম অতুদা নুমীৎ কৌবা লাইনা ম্যাগী খোঙচৎ তাকতুনা সনা খোংনাং লৈমদা হায়খি "মুঙ্গাং নিংথৌ মুঙ্গাং লৈমা অনি পান্নবদগী নোং খোংবগুম কপ লাওবদগী মরূম ৭ কোকই, মরূম ৭না মচা ৩০ পোকই, মচা ৩০ না মরূম ১২ কোকই, মরূম ১২ না মচা অমা ওনথরে, মসীবু অমা হায়না কৌরসনো। অমগী মসাদি ১১নি ময়োন্না ৪ নি, মনা-না ৩৬৫ নি অসীনি। রাফম অসিনা তাকপদি— অহিং অমা কৌবা কাংখোংগা, নুংথিল অমা কৌবা কাংখোংগা অনিবু মুংনবা ( তিন্নবা য়াদবা ) মতম কৌবা কাংখোংনি হায়বগী মুঙ্গাং নিংথৌ-মুঙ্গাং লৈমা হায়রি—অহিং

অমা সুংথিল অমনা নোংমা সাই হায়বগী মুঙ্গাং নিংথৌ, মুঙ্গাং লৈমা পাল্লৈ হায়রি। অতুগা সুমীৎ ৭ নিনা চৈওন অমা সাই হায়বগী মুঙ্গাং নিংথৌ মুঙ্গাং লৈমনা মক্কম ৭ কোকই হায়রি। অতুগা সুমিৎ ৩ না থা অমা সাই হায়বগী মক্কম ৭ না মচা ৩০ পোকই হায়রি। অতুগা থা ১২ না চহী অমা সাই হায়বগী মক্কম ১২ না মচা অমা হায়রি। অতুগা চহী ৪ দা সুংকাং (লিভইয়ার) নোংমা লৈগনি হায়বগী ময়োল ৪ নি হায়রি। অমনা চহী অমগী সুমীৎ মসিঙ ৩৬৫ নি হায়বগী মনা-না ৩৬৫ নি হায়রি। রাফম অসিনা লংজিল (ফোরমুলা) ওইতুনা মীতৈ ঈপা ঈপুনা সুমীৎ ৩৬৫ না চহী অমা সারম্মী, চহী ৪ খুদিংদা সুংকাং নোংমা হাপতুনা সুমীৎ ৩৬৬ না চহী অমা সারম্মী হায়বা থঙহনখি।

**অদুগা কুম্বারোন কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না হায়রি—** সুমীৎ ৭ নিনা চৈওন অমা সাই সুমীৎ ৩০ নিনা অথোই অহেন নাইনা লোইদাম থাজ অমা সাই, লোইদাম থাজ ১২ না লাংই কুমসিং অমা চাংউ মকুম সাইয়ে হায়না। রাফম অসীনা তাকপদি সুমীৎ ৩০ না থা অমা চাংচৎতা হায়নরবসু সুমীৎ ৩০ নিদনা থা সাদে, সুমিৎ ৩০/৩১ না চৈচৎ (তাং) থা সাতুনা চহী অমা সাই হায়বনি। হায়রিবা চৈচৎ থা ২ না থাপী (ঋতু) অমা সাববু সরোই ৬ হায়না থম্বীরম্মী। হায়বদি চৈচৎ ৩০ + ৩১ = ৬১ না থাপী অমা সাই হায়বনি। রাফম অসিনা সুমীৎ ২৯½ না সাবা থাগী থা (লুনরস্থম) ১২ ০ সাবা চহীনা সুমীৎকী চহী জান্নবা ফংদতুনা চহী ৩ দা, চহী ৬ তা, ৮ দা থা ফাইবা (মলমাস) লাক্লিবনি।

**কুম্বারোন কৌবা লাইরিকতা অসুমসু হায়ার—** মৈ-তিংঙ নোংদা লাইরেল পাখংবগী মথক্তা পালখিবা লৈতুং লোনজা অরিবনা পালবা মতমদা কুমজা থাজ সাখিবগী লৈথোঙ ফাৎফমদি কংলা লৈথোংদা কাৎতুনা থৌনিরম্মী। মথংদা কুমজাবু কুমরোম্নরে থাজবু থাবোন্নবে হায়বগী কোংবা লৈথোঙ ফাৎখিয়ে হায়বা রাফম অসিনা তাকপদি— মৌতে কুমসিঙ মুথৎলগা শকান্দদা ওস্থোকখ্রে অতুগা মৌতে চৈহৌগা রাকচীং মুথৎলগা থা ওন্নবা স চিকুদা চৈরাওবা চৎনহনখ্রে। মবম অতুনা কংলা লৈথোং ফাৎপা য়াদতুনা (নামুংতুনা কোংবদা লৈথোঙ ফাৎহনখি হ য়বনি।

**অতুগা লৈহকলোন কৌবা লাইরিক্তা হায়রি** রাকচীং থা য়োঁরবদা কুমগী কুমদম অহামবা নুমীৎতা লৈমরেল ঈসাইফু শিল্লি হায়না। রাফম অসিনা তাকপদি— রাকচীং থাদা কুমহৌ-গ্রবনা ফাইরেল থাগী কুমদম নোং খোংবা নুমীৎতা লৈমরেলগী ঈসাইফু সিল্লি হায়বনি। হায়বদি কুমদম নোং খোংবা হায়বা আসি অহিং নুংথিল অয়ুক্তা ওইবা য়াই, মতম অসিদা কুমদম নোং খোং-গনি হায়বা ঙমদে। অতুবু কুমদম নোং খোংবা নুমীৎ অতুদা মতমগী মতুং ইন্না লৈমরেল ঈসাইফু সিলহৌবা ঙমলগা ঙমলে, ওমত্রগনা কুমদমথিবা নুমীৎ অতুদগী নুমীৎ ৮ নি সুবা নুমীৎ অতু লৌতুনা ঈসাইফু সিলগনি হায়বনি। রাফমদি— কুমগী কুমদম নোং (ঈসিং) অনৌবা অতুনা লৈমরেলগী ঈসাইফু অনৌবা অমা ঙম্জরে হায়না লৌজবনি চহী অহৌবা নুমীৎতা, ঈসাইফু হেক্তা সিনগদবা নত্তে, ফাইরেল কুমদমলগা ঈসাইফু সিনগদবনি হায়বা চাকলে। অতুগা রাকচীং থানা কুমহৌ (চৈহৌ) থানি হায়বসু য়েক সেংহল্লে।

# চৎন-পত্থাপ নৈনখিবা মীওইসিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। | নিংথৌজম প'থিবা | সোরবোম থিঙেল |
| ২। | হৈক্রুজম বীরেল | ,, |
| ৩। | মুতুম বীজয় | ,, |
| ৪। | কাব্রম্বম ইবোয়াইমা | ,, |
| ৫। | লৌতেংবম ইবোতোম্বী | লালাহাম্পুং |
| ৬। | লৌতেংবম নিংথম | ,, |
| ৭। | ,, কোইরেং | ,, |
| ৮। | কোঙ্গেংবম মনি | ,, |
| ৯। | ভখেল্লম্বম মনি | ,, |
| ১০। | কোন্থৌজম কুঞ্জ | ,, |
| ১১। | চোংথাম য়াইফবা | সিংজুবুং লৈরক |
| ১২। | সগোলসেম প থৌ | থাংমৈবন্দ |
| ১৩। | খাংদেন অচৌ | ,, |
| ১৪। | লোংজম ক নহাই | ,, |
| ১৫। | হাওরোংবম মনি | নাওরেমথোং |
| ১৬। | নাওরেম তোমচৌ | কাঙবম লৈকাই |
| ১৭। | নিঙোম্বম মনি | পাম্সুম |
| ১৮। | সনসম কোমোন | ,, |
| ১৯। | য়ুম্নাম খোমদোন | পীসুম হুইদ্রোম লৈকাই |
| ২০। | লাইস্রম পাকপা | ওইনাম লৈকাই |
| ২১। | ওইনাম মুক্তামনি | ,, |
| ২২। | চোংথাম ইবোতোন | ,, |
| ২৩। | ,, খেলেন্দ্র | ,, |
| ২৪। | ইরেংবম ইরোহল | পীসুম নিঙোম লৈরক |
| ২৫। | ,, থম্বৌ | ,, |
| ২৬। | ,, মংলেম | ,, |
| ২৭। | মোইরাংথেম বীর | কা কৈথেল লাইস্রম লৈকাই |

| | | |
|---|---|---|
| ২৮। | নাওরেম ইবোবী | নাওরেম |
| ২৯। | নিঙোম্বম মনিচান্দ | খোংমন |
| ৩০। | অহন্থেম ঙাম্থোই | অহন্থেম লৈকাই |
| ৩১। | ময়াংলম্বম অপাবী | কৈসামথোং |
| ৩২। | তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী | থোদাম লৈরক |
| ৩৩। | অসেম অপানবা | ,, |
| ৩৪। | তোকপম থোরা | ,, |
| ৩৫। | লোংজম ইবোহন | ,, |
| ৩৬। | লাইশ্রম মধু | ,, |
| ৩৭। | লোংজম নোংয়াই | ,, |
| ৩৮। | মোংজম ইমোচাতোম্বী | তে.প লৈরক |
| ৩৯। | লাইশ্রম তোম্বা | লৈমজম লৈকাই |
| ৪০। | খুরাইজম কুল্ল | , |
| ৪১। | যুম্নাম তম্ফাও.ও | কৈস মপাং |
| ৪২। | লাংপোকলাকপম বীরহরি | কৈসাম লৈকাই |
| ৪৩। | কৈসাম ইবোমচা | ,, |
| ৪৪। | কোলোম নাউল্লো | ,, |
| ৪৫। | কৈসাম কুল্ল | ,, |
| ৪৬। | সলাম প'ওতাক্চাও | সলাম লৈকাই |
| ৪৭। | হাওবম মংলেম | ,, |
| ৪৮। | নারেম ব্রোজেন | ,, |
| ৪৯। | মোইরাংথেম হুপামচা | |
| ৫০। | মুতুম থোইরেল | , |
| ৫১। | লোরেম্বম নিংজপাম্বা | রাহেংবম লৈকাই |
| ৫২। | মোইরাংথেম মঙ্গী | ভেরা অমুদোন লৈরক |
| ৫৩। | সগোলসেম লৈপাকমচা | মমুথৌ মন্ত্রি লৈকাই |
| ৫৪। | রাংখেম চাংতমলেল | থাংজম লৈকাই |
| ৫৫। | রাহেংবম অঙাতোন | ভেরা |
| ৫৬। | লাইশ্রম চীংজাও | গুৱাহাটি |

3847/Mem

